# মৈরোল

( পেনা অশৈবশিংদগী থোমজিনবা )

# ঐশবোল

( পেনা অশৈবশিংদগী থোমজিনবা )

অকোংবা

ইউঃ এলঃ এঃ

মমল লুপা ২

থোকংব— ইউঃ এলঃ এঃ

অহানবা থুংনম
মার্চ ৩১, ১৯৮০
কোপি ৫০০

কংকম— ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা হুকানশিং

কো. ধীরেন জেনেরেল সেক্রেটরি ইউঃ এলঃ এ না থোংনাংথাবা প্রেস,
নমনোংদা, নমপা পুখোকপা।



৺চুংথাম উজা মনিক

# মীতৈব্রেবাক মনিক পেনা
# কুম্মৈ ১৯৮০ ইং

**পেনা**— মীতৈব্রেবাক্কী হরাও-কুম্মৈ, তিনশোন-লাইশোন, হৈকৎ-লৈকৎ অমসুং লাম্ন-থোরম্নচিংবা থোরম কয়াদা পেনাগা ঈরোইননা পাঙথোকপা এলহৌভৈদগী মীতৈগা শাগোন্নরকই হাঙৈবা খ্বাই তরানা হেন্না খঙবীরবা রাফমনী। অদুবু ঙসি, হীরম অসিগী অখণ্ড-অহৈ তরক-তরক্ক মশীং থীবা য়ানা হন্থরকপগুম তৌরি। মীতৈগী নাৎ অমসুং ঈরোন্তদা তরু তরুনা নৈনদুনা শক্ক-শোম্নরক্কবা শিনফম অমা মাঙথ-শিথরকপা অসি খ্বাই তরাগী মতেং লৌজরগা এসো-সিয়েসন্না কনবা ঙমগনি হাঙৈবগী থাজবা লৈদুনা, লাইওইখ্রবা অশৈবা

উজা মনিক্কী নিঙশিং মুমিত্তা মীতৈরবাক মনিক পেনা কুম্মৈ পাঙ-থোকচবনী। এসোসিয়েসন অসিনা পাঙথোকচবা পেনা কুম্মৈ অসি ১৯৮০ ইংগী অসিগা মঙারক শুবা চহীনী। ১৯৭৫ ইংদগী ১৯৭৭ ইং ফাওবা চহী অহুম মনিক সনা তাঙ্গ মনা পেনা চাংয়েং হাঙ্গনা পাঙথোকচখি। পেনা কুম্মৈ হেক লাকখিবদগী শঙলেন অসিনা অনম্বা লাইরিক ওইনা পুথোকচহনা পেনা অশৈবা অমদি পেনাবু নুংশিবীবা খ্বাই তরাগী থোগল ফংজরকই। চাংয়েং অমসুং কুম্মৈ পাংথোকপা অসিদা ঈরৈপাকচাশিংনা এসোসিয়েসনবু লমজিং-বীয়ু, লমতাকপীয়ু অমসুং অঙম্বা মতেং পাংবিবু। ☐

অরাম্বম নিপামচা
প্রেসিডেন্ট,
ইউনিভর্সেল লিটরেরি এসোসিয়েসন
মণিপুর।

তাং ২৮ | ৩ | ৮০

# ৱাহৌদোক

চৎথিৱবা চহি মরি অসিদা কংলৈরোন্দঃ ( মোইরাংগী, মীতৈগী খুমনগী ) অমস্তুং নিংথৌরোলগী পরিং অসিদা চাংয়েং অমস্তুং কুমৈ কয়াদা মণিপুরগী অশৈবা কয়ানা শরুক য়াহুনা লাক্লি।

৫— লৈরোল— লৈশিংগী হৌরকপগী অমস্তুং মমিং থোনখিবগী ৱারী, হৌরকফমগী ৱারী-ৱাখোং কয়া অসি ঙসগী মীতৈগী অশৈবা কয়াগী মচিন্দগী ঙসি ফাওবা তাবা ফংজরি অমস্তুং য়েক্নুনা থম্বীরি। অদুবু ঙসি পেনা অশৈবশিংগী মচিন্দা পুরিবা লৈগী লৈরোল অসিদি মশক নাইনা খরদতমক ঐখোয়না তাবা ফংজে।

থম্বা-থোইবীগী লৈ-লাংবদা শিজিন্নরিবা লৈরোল খর অসি নত্তনা ফমশক্ত অশেংবা লৈ কয়াগী ৱারী-ৱাখোং অসিতবু খঙহোৱগে, তাহৌরগে হায়দুনা কনাগুম্বা অমত্তনা ঙসি ফাওবদা মশকনাইবা মাঙোব, শঙ্গোইগুম্বদা অশৈবশিংবু কৌদুনা তানখিবা ঙসি ফাওবা থেংনদে। শন্না হায়রবদা মশক নাইবা পোং অমা ওইনা পুথোকপগী মহুৎ নাচোম মচল অমা ওইনা অদুমক লৈরি

লৈরোল হায়বা অসি তশেংনা মশক নাইবা, মাগী ফমফম অশৈবশিংগী মরক্তা য়ান্না চাওনা কন্দুনা লৈফম থোকই হায়বসি ঐখোয়গী থাজবনি। অদুদসু নত্তনা মীতৈ লৈবাক্তা হান্না লৈজরম্লিবা লৈ পূম্নমক্কী হৌরকফম ঙসিগী পুয়া-পুদিন কয়াদ অদুমক ফংলি।

লৈগী হৌরকফম মমিং থোল্লকপগী মতাংদা ৱারীদা মালেম অসি লৈশেম্লকপগী, নিংথৌরোলগী, অঙম-অথোগী, চীং-তমগী ন্নুংশিনবগী মরি, ন্নুংশিনবা কয়া কায়নবগী, পারি শেংনবগী, মমোম কায়নবগী ৱারী কয়াগা পক্নদুনা লৈবা অদুমক থেংনবীগনি।

তশেংনা লৈদ নত্তনা মনারৈ হায়না খঙনবী মথলগী লৈগী মন্নুংদা চল্লিবা কয়াগীস্থ ৱারী ৱাখুল অত্তুমক লৈবা থেংনগনি।

অশৈবা অয়াম্বগী শৈশক্তুগী পুথোরক্লিবা ৱারী কয়াগা লাই-রিক্তা য়াওরম্লিবা ৱারী কয়াগগী মরক্তুস্থ খেন্নবসি অত্তুম্মক ফংই। শম্না হায়রবদা কোনবীরৈদ— কোন ( তাং-কোন=মীনম্বা ) হায়বা ৱাহৈসিদগী লোত্তুনা মপুরোইবদা মাগী স্থপীনা মীনম্বদগী থোরকপা কোনবীরৈগা ঙসিগী অশৈবশিংনা শৈশক্লিবা কোনবীরৈগগী মরক্তা খেন্নবা খর অত্তুমক থোরকই। অনিশুবদা লৈশং খেকৱাইবগী মতাংদা কোম্নৌজম লাইরেম্বী— কোন্সবা ইবোচৌবনা ইবা লাইরিক্তুদগীগা ঙসিগী শৈশক্লিবসিগা অয়াম্বনা মান্নৈ। অত্তুবু কপ্পা নাওথেম্বগী মতাংদা "মীতৈগী থাইনগী ৱারী খর" হায়বা লাইরিক্তুদ পিরিবনা— "থাংজিং কৌবা লাইনা থেঙ্গু অমা অঙাংদা পী···, ৱাংব্রেন্না সনাগী শরেং প্পবকই, কৌব্রুনা সনানা শাবা ঙান্নু প্পরকই। ······মমৈথংদা নোংপোক মালং হুমাইবনা ( নোংপোক নিংথৌনা ) লৈশং হায়বা লৈদ্রু প্পরক্তুনা অঙাংসিদা পীখি।" ( লামাই ৪৭ ) অসিনচিংবা

অসিদস্থ নত্তনা অশৈবা অমগা অশৈবা অমগগী মরক্তুস্থ ৱারী-ৱাতাইদা খেন্নবা কয়া লৈ। পূন্নমকসিবু মান্নবা মওং অমদা পুরক্কবা হোৎনবদা অশৈবশিং অমদি পেনাবু স্থংশিবীবা কাংবুদগী পূক্নিং-লৌশিং পৌগৎপিরক্কনি হায়না শঙলেন অসিনা খঞ্জরি। ☐

কে, ধীরেন

সেক্রেটরি, ইউঃ এলঃ এঃ

## কোমবীরৈ

অরাম্বম নিপামচা

তাং ১৭ । ৩ । ৮০ ইং

শজিফু নোংমা পানবা

ঙসি কোরৌ নোং শজিফু লাকয়েন তাইবা
'নৌবা কুম্বু হৌবগী য়াইফ থৌনিজবদা,
লাইয়ংথৌ ইবুংঙো ঈমা লৈমরেন শিদবীগী
ঙাংলো খুয়াখাদা লৈজ অপেং অনৌশিং
লংকোই লতং খিবিরা হৈরুক হৈরা শেম
শুং শুম-লৈরিনা লৈপা ওই কংলিবা লৈরাং নিঙথিবী
লৈনা তাবু য়েংলগা মোমন্নু শংদিং তেম মানবা
লৈরাংগী লৈথোক অসিনা নুরাগী লংথোক তরেং মানবীনী,
চোইনৌ সনা তেমখাংনবী ক্যাং লিকফাং মানবা লৈ;
লৈচুনা হীগোক কুম্বান কুমজেং কোরি কাদবীনী
লৈরাং মাগী লৈনমবু মতীক ময়াইনা হেনবীসী
চেংলো মীংথীংলুবদৈ তাজখিবা লহান নোং
পম্বো উজা অথোইবা মনিক কোলোই মিংগৌবা
লৈরাং মাগী মৈহৌরোল মুংনাইরোইদব বাম্নীবু
নিঙশিংলক্লে নৌহৌনা, শৈহেক শৈথাজহুনা
বাংলেন মীকুপ থরদং থয়ুম মথৌবুংসিদা

বাংব লোনবা ননাইনা শৈহেক থৌগনজরমগে।
ননাইবু লোইবা ইবুংঙো। অথুক কোম্লোকপিরিবা
নুমিদাং কোনাশননবীবী ঈমা লৈমবেন শিদবী।
খমনুং লৈবাক্কে লৈরাংসি তাইবংলেন্দ ওইবনী॥
খমনুং চিঙু থোডাবেনগী তালোই খ্বাইগী 'তোম্বীন
নোংজা কোবৌ 'াসমকুন্দা মবুংঙোবু যেংহুনা
যাইফ থৌজান নিবকই "চিঙু ইবুংঙো থেঙারেন।
ননাইনা তত্তনা তাবক্লি চিঙু ওইবা ময়াথং—
"মপোক মপোক 'পুম্বাদ নমু তাইবংগী মপোক্লা
পূয়ম ক্ক মথোঈরে'— অসি ৱাগী ৱাহন্দোক
মরীক চুম্ন শুগাইনা ননাই ওইবীদ তাকপীয়ু।"
নৱানদো'গুম খঙদ বাহমজবকপা তালোই মাগী মযাং
তাবে হাঈরগা থোঙারেন, শমলাং তোনগা নান
তিলাম খোঈদা-ন খুজেং পালোই লাক
মুংশি মীৎথীৎন য়েং তাকপী তালোই মঙোন্দা।
"ঙসিগী ফৱব থেনফমদা য়াইফরবী নহাক্লা
থুপ্লব ৱাগী ৱাখুলবু হংলে নঙনা ঐঙোন্দা,
সে-সে তাক্কে তারো চিংন' লৈতনা—
নিঙব-শোনব 'সিতনা ফংন লম্বী ওইরিবনী
মপু মাদ তিম্নিংবা মপোক ওইবশিংতুগী;
কদাই চিঙু ওইবশিংতুইদি থয়ুম থেৌশাইরকপনা

মথৌ পাঙনবা হোৎনবদা নিঙব-শোনব ফংদগ্গে।
নিঙদ-শোন্দববদা নঙ-ঐগী য়াইবীনা
য়াইথিরেন' থোইবদ লেঙদ তিনবা পাম্বদি
থোতু মুঙ পেৎন' লাইজ খিকলেন চাইবনী॥
নমু ওইবা তাইবংশিংতুগী মপোক্তি
অঙাঙবদা পোকপনী মাঙ্গদ হিংবনী,
নঙ ন শেম্নবগী হাঙলবা লময়াইদ,
চেনবা পুন্সিগী ঈচেম্মী, নিঙজ শোঞ্জবা মহাকপু,
অচঙববু মুংশিব, ঙাকপী-কনবী ঙম্বগী
মিংচৎ উবোং খিন' ঙম্বদা মাগী য়াইবী অতুনা
'ইথিরেন 'থোইবদা লেঙদ' তিনবা ফংজদো'
মরমসি লৈবদি মপোক মপোক পুম্বদৈ
তাইবং মীগী মপোক্ত হেল্লি-থোইরে হাঈবনী॥"
য়ব্রা 'সি তারগা থংলেন মাবু য়েংতুনা
হাঈজে থোঙারেনগী তালোইনা;— ননাই' লাইবক ফবনা
থয়ুম থৌগল ফংবদি খমনুং লৈবাক অসিগী
অব্রা-মুংঙাই, মুংশি-মুংওন 'পুম্ববু
লোইনা ঙম্না খঙজরে, মপোক লাংওন অথোইবা
নমু তাইবংগী মপোক্তো ননাই ওইবীনা থোঈদারে
তাইবং ওইনা লাংওনগে নতীক-নয়াই হাপ্পীয়ু
নশাবীগী নিঙজবসি থোঙারেম্না কুবিয়ু।"

তালোই মাগী খোইদাবী চেংলৌ মীৎথীংনা
চীনবান মকা লান্ন নোক থোঙারেন্ন হাঙ্গরকই;—
"তাওকো ঈশাবী নঙবু! ফৈ-ফরে খঙনা লৌদবা
ফত্তে-লাল্লি খঙনা হুন্দোক্তব তাইবং মাগী লীচং ওই.
তাইবং-খয়ুম অনিগী চংন-থোক্ল য়াদবা
শকউনবা 'ৱাংব পল 'সিমক্কা ওইবনী,
হাঙ্গগন্নু পামলুগন্নু মপোক্তো অরেম্বদ ভাগনী।"
"তাকপীগন্নু ঈশানৌ! চিঙু নয়াথং অথোইবা
ননাও লুদা থোনজরে হাকতোকচরোই কাউজরোই
তাইবং ওইনা 'মুক্তদি লাংওনজগে ননাইবু"
ৱাহমজরে থোঙারেনগী মফমদ খয়ুম মাগী তালোইনা"
"ফরে ফরে তারোদো! নঙনা ময়াদ্রবনিনা—
তাইবং ওইব মপোক্তি অশাও'-অপাম'-মিহৌবা
য়েক্ল'শিংনা থুহুম চন পোক্ল' মপোক্লি মখোইগী,
নঙগী নীংব থুংজরো তাইবংলেন্দ পোক্লুরো;
নঙগী নীংজ, শোনজবনা হোৎনৌ শীনবা মাঙ্গথীব
য়েক্ল' মখোই অহুম্বু ৱাফম অসি কাউফরোই।
সে 'সিমদি খঙনসি! নঙ-শ্রী হুরিনা—
থাবম য়াইদা হৌৱিব লৈৱাং মাদি পশোং-লৈ
নিঙোন' পীবুক খঙনলৈ, লৈরাংসিগী লৈচা 'মা
তাইবংলেন্দ থারসি; লৈরাংন লৈচু ওন্ত্রি'খৈ

লৈয়ু পাল্লু তাইবংদা করি তৌরোই ঐহাক্না,
লৈরাংন লৈচু ওল্লক্লব মতম 'ঢুদা খঙলগে—
নিঙোন পীবুক ওল্লক্লে কোনবু তৌবনী হাঙ্গৈবতু,
খঙউ মতম 'ঢুদদি ঐগী লাম্থৌ 'য়াংবশিং
নঙগী নগাইদা থারগা নঙবু খমন্নুংদা লৌরনী॥
ঙসি কৌব নোং নিনমাং শচিফু অহানবা
অচং-অশি থোক্লবা কোরৌ নোংজা অসিদৈ
চৎখরো চঙলুরো কেগে মোইরাং লমদমগী
অরাইন্নুগী পীবুকন্নুং' লোইনখরো লৈরাংসু
হৌরসন্নু লেপ্নমক লমলেন কৈবুন লমজাউদা।"
লৈরাং চরোং 'মদগী লৈচা শেংন খাইবগুম
খয়ুম মানা তালোইবু কাঙ্গৈনা য়াথং পীবদৈ,
চিঙ্ য়াথং শোইফদ' থাংজিং কুম্মৈ ওইনবা
পোকখি নুজা মোইরাংদ; শাৎখি লৈরাংসু কৈবুলদা।
নুজা মাগী কোলোইনা য়াইদিং কোম্নু মিংগৌনৈ,
নূরা লৈরাং মানবিসি শীঙেন লৈন ফাওরক্লে;
কেগে লৈকাই 'মত্তদা তারিজাম্বগী খুথাহৈ
শাম্ব লমগানবা কৌবসু তাউজিং য়াকুম্নরক্লে॥
নূরা-পাথং অনিসি মুংশি চেংলৌ শকখঙনা
পম্থৌ ঙমসি ছরিন পলেম ঙমসি তেমশিংনা
পুন্সি লৈপুন শেম্নকই, শাবী-শানৌ' লীহৌবাক
পুথাং পাথং কয়াদৈ মুংনাই কাউনাইরক্কুবা

মোইরাং কংলৈরোন হুংশিব শীঙেন লৈরাং পরেংগী
লৈরাং লৈচন ওইডুনা শৈহেক শৈথানরক্লী।
লমলেন কৈবুল লমজাউগী থয়ুম মাগী খুখালৈ
অখণ্ড-অউ পাউতাক্ক' মুজা মাগী পুক্তাকলৈ
শীঙেন লৈচু হোংখরে লৈরাং লৈচু ওনখরে,
নূরাই পুক্তি কোন-দৌরে তাকই খঙনৈ হাঙ্গীডুনা
লৈরাং মাগী কোলোইবু **"কোনবীরৈ"** হাঙ্গনা মিংথোনখি॥

হয়ি হয়াহে থয়ুম লাইয়িংথৌ!
ওংলো য়াইবিরেন শিদবা!! লুরাংখাগি
নমু পোং ওইবনা ঈয়া নাপী চীক
লুরাং শমদোন ফোই হন্ন হন্ন পুক্লমজখিগে—
ননাইনা। ◻

শৈশকপা—
**কালা**

# খেরুমনৈ

পুথোকপা— রাজমনি

খাবা পুরৈরোম্বগা নোংদা লাইরেল পাখংবগা খাবা শঞ্জেনথোংদা লান শোরুবদা পাখংববু ঙক্লে। মবুধৌ নোংদা লাইরেলনা খাবগী মখুত্তা শিবা তারে হায়দুনা মেন্দি মেন্দাকম শোরাং মচিথেন চিংজিন্দা শুরুং ফাওদুনা লৈরক্লে। মফম অসিদা লৈবা মুঙাইতদুনা অমুক চোথে য়াংবী লমজাংদা ফাওই। অস্তুম্না ফাওদুনা লৈরিঙৈ অসিদা চোথে নিংথৌনা মচান্নুপা পোক্তবনিনা মচানুপী ইবেমা শুন্নুলৈমবু মপাগী মতুং শিন্দুনা খাপ্ল লবুক লোয়াল্লুচো হায়দুনা তরা চাকওন চারগা থারকই।

শুন্নুলৈম ইবেমনা য়োংলৈ মখুংশু পাইদুনা নোংথাং কুপ্পগী মতৌগুম তেম্পাক লালু কাওলক্লে, হারু চোমাই ফুক্লক্লে। পাখং-বগী য়াথোকফমদা লৌরাং শুদুনা লৈরিঙৈদা ইবুধৌ পাখংবনা উরদুনা উরানগী নহা খ্বাংনৌবা পাখঙ য়াংয়াংবা মতম ওই, তাইবং মীওই শক্তম্বু লৌদুনা লেঙথোরক্লে— শুন্নুলৈমদা পাউহংলকই— শানৌ ওইবী নহাকপু চেংলৌ শরু হেল্লিবী, পুরুং লিনগা ঙাল্লিবী মুজা ওইবী ইবেমা, শানৌ ওইবী নহাক্তা চেক্লাগুম্না চিন্দিম্না পোম্বীগুম্না চিল্লোক্না লংমাই তেংনা য়ুমগাসি হায়ববু পায়মন্নুংদা করি শল্লিবগে মুংশিবী? অসিবাবু তাবদা শুন্নুলৈম ইবেমনা নোংদা লাইরেল পাখংববু য়েংদুনা পাউখুমজরকই— ঙরাংগী নহা খ্বাংনৌবা কায়ন

ঙাংজেং মথোৎ কারকপা ইবুংঙো নঙবু কনানো? নমু তাইবং মীরা নত্রগা খোইয়ুম লাইরা তাকপিয়ু। লমলেন কৈদ লৈবনো চীঙ্গোই নপাউ শেংবিয়ু। শানৌ ওইবী মপাউ তাবদা— শানৌ ওইবী নহাক্কী চেংলৌ শক্তম উবদা পাইম ঐগী খোয়দারে, তিল্লাং ঐ। খোয়জংলে নুজা ওইবী নহাকপু তালোই শিংদা চন্দুনা নোংমাই তেংনা য়ুমগাসি হায়ববু পাইম নুংদ করি খল্লিবগেনে নুংশিবী?

পন্থৌ য়াৱা তাদনা হোয়াবদি ঙমজরোই— পন্থৌ মহাক্কী পাইম লিংজেন খাবনি। অতু ওইরবদি ফরে, হয়েং কৌবা নোঙ্গাশোই অশেংবা য়াবা অমদি পন্থৌ ওইবা মফমদগী খংদোরকও নুংশিবী। ঙসি নঙনা শুরিবা খালৈ লৌ য়ানববু থৌপাংবিগে হায়তুনা য়োংলৈ মথুংশুবু লৌ-থৌপাংবিরে পাখঙবনা।

শুনুলৈম ইবেমা কোরৌ নারলৱাইরকলবদা মোংবা মরানয়াই তমতুনা খালৈ লবুক্তগী হল্লকলে। মোংবা মরানয়াই য়োবগা পন্থৌ ওইবা মঙোন্দ ফুঙ্গা ৱাংম ৱাংম ফম ৱাহৌদোকলমই মমোমনা— মপা ইবুংঙো চোথে নিংথৌদা হৌখিবা থৌরম-থৌওং পূন্নমক হঙ্গংচৈ খোয়য়ুম লাইর, তাইবং মীরা খংদব অমনা নমোম ওইবী ঐহাকপু তালোয় শিংতুনা চন্দুনা লংমাই তেংনা য়ুমগাসি পাউমেল্লকই পন্থৌও! অতুদস্থ নত্তনা হয়েং কৌবা কোরৌ নোং— করিগুম্বা য়ারবা তরা চয়োম চামিন্না, লাইজ ঈশিং থকমিন্না নুংশি ৱাথৈনসি হায়না পাউ-মেল্লকই অপোকপা।

ইমোম ইবেমা তাবরা পাখঙ ওইবা মহাক্কী কুচু কুমেন, মীওই মতৌ কমদোই? মপাগী য়াৱা তাবদা— লুপা ফুদোংবা মচুনি,

মশানা লোইবী চীংশাং নাপোম তাগুনই। অতুদসু নত্তনা তরা চয়োম চানিন্ন, লাইহুই ঈশিং থকমিন্নসি হায়রবদি তরা চয়োমনুংতুদ য়াইহুং, চনম, তিন্থো, মৈতাল পোৎশক মরিসিগী মনুংদা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা য়াওহল্লক্কনু হায়তুনা তোয়না তোয়না পাউমেল্লকই। অসি ৱারু তাবদা চোথে নিংথৌনা থংলে— অতৈ কনাসু নত্তে, তুবা লাইরেল পাখংবনি— অতুনদি হয়েংসি ইমোম মাগী মফমদা তুবী লাইরেল পাখংবনি খণ্ডহল্লগে নিংতুনা— হয়েং পুগদবা চয়োমদো পাঙ্গৌ চোথে নিংথৌনা য়োমগে হায়না নিংখরে। হাপ্লক্কনু হায়বা পোৎশোম মরিমক্তুনা তরা চয়োম অতুনা থুপচাননা লোত্তুনা মমোম মাগী মফমদা তরা চয়োম শিন্নখরে। নোংদা লাইরেন পাখংবগা নমেন ইবেম শুন্নুলৈমগা উরাং হায়নখিবা তুংইন্না তরা চয়োম চানিন্না লাইহুই ঈশিং থকমিন্নগে তৌরক্তুনা চয়োম অতু ফাক্কোক্লুবদা চনম, য়াইহুং, তিন্থো, মৈতাল পোৎশক মরি অসি য়াওরম্বা উবদগী হান্নগী শকুম ফজবা মায়াগা মশাগী চপ-চাবা মশক চীরোং চীয়ি পান্দুনা নফম মরাং খণ্ডমখি হায়গত্তুনা চেনখ্রে। ইবেমা শুন্নুলৈমগা চয়োম অতু ফাক্তুনা য়েংলুবা মতমদদি মাগা য়ানদবা পোৎশক মরি অতু য়াওরম্লে— মসিননি হায়বা খওলতুনা পোৎশকশিংতু ইরেল ফুমজনজরে। ঙৈহাক পুঙ্গোই লৈরগা পাখংবা তম্না হল্লক্লে।

কোর়ৌ নুমিৎ অসিমা নোংদা লাইরেন পাখংবগী শুন্নুলৈমগা লৌশওদবু হৈরাং লোনজিন চিন লৈরাং লোঞ্জা চা ঈম্নুং চুপ্পা অতুম য়াইরেকমিন্নরে। কোর়ৌ নুমিৎ অতুদগী সনা ঈবু চংতুনা শুন্নুলৈম ইবেমা তাউজিং হৈরু পানখ্রে, ভাংলো ফিবু য়ানখ্রে।

মমোম শুন্নুলৈমগী অরান খোঙফম্নবা লোনচং অসি উবদগী খারৈ লবুকতবু অমুক হন্না থাদ্রে। কোরৌ থাবুম তা শু, মকুম-মথা ওইরক্লে চীঙ্, মাগী নোংদমখোন পারি নরা অমদি তাইবংপান্দ ক্ষাওরক্লে। নোংম-নোংমগী হৌখিবনা মপুং-মৈর কারক্লে। শঙ্গেন শনঙাক ঙমলকলে। মপা খঙদ পোন্দকপা পারিসিবু উবদা চোথে লৈবাক মীয়ামদি অসুম্নদি ঙাংনৈদো— মশা খঙদ মচানি— মপুনা পোকচ মচানি। অসিগুম্বা য়ারা অসি অঙাংসিনা লৈবিমখৈ চোথে মীয়াম পুম্বনা ঙাংনবসি কোকলরোই হায়বসি চোথে নিংথৌগী মপূক্লিংদা থল্লহনা অঙাং অসিতগী য়াইবী লৌরগে হায়বা পাইমন্থংদ থনথরে।

নোংম কোরৌ হুমিঙা মশু-মপা অনিনা হন্না উবান্দসি হায-হনা লাকলে। লোইবী চীংজাউ মতা কবলা হৌবিদা উনিংগো নাচম্ব; য়ানবা হৌরকলে। তুল্লমদাইগী মতমদা উ তুরক্কদবা মাইকৈ অদোমদা মপুনা ইবুংঙো ইপুনা য়াল্লিবা উসে তুরক্কদো ঙাকউ, তুরক্কদবা মাইকৈ অদোমদা লেপহল্লে। অঙাংনা পংবদগী উ তুরক্কদবা উগী মাইকৈদা লেপ্লুবদগী উজাঙনা নল্লক্কুনা অঙাংগী য়াইবী মাংলে নুঙাইরে, হুজিক্কী মোংবা ইরানয়াইদা হল্লগে হায়হনা হল্লকলে।

চোথে নিংথৌ মপুনা মশু য়াওদনা হল্লবপা অদু উবদা শুন্নু লৈমনা— ইপাইবুঙো নশুদি লম্লেন কৈদ লৈহৌরে? ইমোম লাং-লেন ইবেমা করি হায়নবু পাউদমসিগে। নপারি অদুনদি অঙাং নবা ওইবনা উ তুরক্কদবা মাইকৈ অদুদ লেপ্লুবদগী চথোকউ হায়বা য়াদহনা উনা নন্দুনা শিহৌরে। হুজিক ঐহাক নুঙাইরে—

অঙাং অসি লৈরিমখৈ ইপাগী ইমাই ফিরুক খুম্বা ফগদবা লৈত্রে খল্লুবদো হুজিক্তি অঙাংনা য়াইবী মাংলবনিনা ঐনা নিংবা থুংলেদো।

মপাগী য়ারা তাবদা মমোম ওইবীগী থম্মোই শেগাক কায়— লৈবা কৌবা য়াগিদ্রে— নোং খোঙ্গুম মশম-মনা ইফা ফা শল্লাং শমফোয়ননা বান্থহুনা তুখে। শুন্নুলৈমনা— পারি ওইবা নহাকপু চংলমদাইগী মতমদা খোয়্লেন মঙলানচা হুঙাইতে চৎখিগন্নু খাম্বদা য়াদহুনা ঙসিদি নপুগী মখুত্তা য়াইবী মাংলেদো। হা ইবুংঙো নহাক্না পালেম মমা ওইবীগী মফমদা পারি মাগী হুংশিবা শক্তম উইহল্লম্লগা ঙসি তৌরিবা মতৌ অসিবু করিনো হায়দুনা অহিং নোংশোইবা অমা নোং খোংবগুম কপ্পুনা লৈখে।

হায়রিবা মতৌ অসি উবদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা মচান্নুপা উনা শন্দুনা লৈরিবা উ অদু লৌথোক্লগা অমুক হন্না হিঙ্গংহল্লে। পারি ইবুংঙো নহাক্কী নপুনা হায়বা য়ারুবদগী শিকুরবনি। সে ঈপা রা হায়গে মুন্না তাও— নপুনা য়াল্লম্লিবা উ অসি পুখ্রো— মচানা অম্বুক লুম্বা উসিবু ঐনা করম্না পুগদোরিবনো? ইপা থোনগৎপিগে লশিং মফোলমুক য়াঙ্গনি— হায়রগা উ অদু মশা মরেং য়াওনা লশিং মফোলমুক য়াংহল্লগা ঙসাই য়াল্লম্লিবা উ অদু ইরেল থোঙ্গৎপিরগা চৎখে। উ অদু ময়ুম য়ৌরগা দং লাওনা থাদবদা মালেম অসি থক-থক নিকই। মপুনা খোংগী নাতৈ কাং, চারগী পুরোল শং য়েংখোরকপা মতমদদি অতৈ কনা ওইরমদ্রে মশু ইবুঙো ওইরম্লে। খুদক অদুমক্তদা অঙাং অসি লাইনি খংখে। অঙাংনা— ইপুনা য়াল্লম্বা উ অদু নশু ঐনা পুররুবনি হায়না হায়রকই।

পারি মচানা অমুক হন্না মালেমদা হিংগৎলক্লুনা হন্নকপসি উবদা মমা-মপা কয়াদা হরাও-মথোই কানরে। ঙসাই থোকখিবা থৌদোক পূন্নমক মমাদা অমত্তা চিথদনা তম্নকই— মপানা মখোয়না করিগুম্বা ঐবু হয়েং উনিংলবদি হন্নেং ইনুং ঙানবদা মরিং য়েনবো-ম্নুংদগী য়েন অমুবী তরেৎকী মরুম পুরক্লগা অহাঙ-অথুম লফোই লতংগা লোয়ননা লাকও। অসি বাবু হায়রকই হায়না পাউ-ক্লমই।

হায়নখিবা মতুংইন য়েরুম ৭, অহাঙ-অথুম, লফোং লতংনচিংবা পূন্নমক পুরগা মমা-মচা অনিনা খোয়য়ুম ইবুধৌ লাইনিংথৌ তুবী নোংদা লাইরেন পাথংববু উননি হায়তুনা লাক্লম্মী।

তুবী নোংদা লাইরেন নোংদা পাথংবনা য়েরুম অত্তু নুংশাক্লগা চাকসি হায়বা মঙমদা শুনুলৈম ইবেমনা ঐনা পাবি ওইবা মচাকপু অহিঙ ইনুং অমা কায়নবদফাওবা অস্তুক বাবা থাংঙমদে, কয়রে য়েনবী অসিগী মরুম অসিগা কায়নবদা কয়াগী মতিক থাংঙমলোই-দবনো হায়না হঙৎচরবদা— পাথংবনা অত্তু ওইরবদি ফরে পামেল থেমজা শরি কারক অসিগী মথক্ত য়েরুম তরেৎমক থম্লো হায়রগা পাথংবমা মমৈনা হায়গত্তুনা য়েরুম পূন্নমক থুগাইরে। কুমগী নোং-হৌ লাকপদা মমুৎ অহুনা লৈয়াংগী পাংথক লৌ, তাথরক্লিবা মহি অহুমা মরাগী পাংথক লৌ— লৈরাং মাগী মওং লৌ য়েরুমলৈ হায়না ঙসি কাওবদা পোইরৈ শৈশকপনা শৈশক্লরি। □

# লৈশং খেকরাইবা

তান্নবা— নিমাই

নোংম কোয়ৌ থুমিত্তা লাইয়াম পুম্নমক চংহুনা চিংঙু নোংথৌ সোরারেনগী [illegible] থাসি রাভান্নৈ মালেম লৈকোয় পুংদগী। কনানা থোন হায়বনা [illegible] নিংথৌনা থিহনসি হায়হুনা খন্নে। সহ্মোং হুইমু লৈনখা মদোন পোকচবী মমোম তম্ফানা নিংথৌদাগী তুরেলদা খুত্তা লোংবু পাহি, খ্বাংগা ভুঙ্গোন য়ান্দুনা লেমলৈ ঙাচং তাল্লিঙৈ খোয়ুম মাগী মঙমনা নোংলৈ হুংশিং ওইহুনা হুজা মাবু পুখংখে লাইগী লৈপাক তমহুনা।

তম্ফা চন্নু য়েংহুনা সোরারেলনা হায়রকই— "লাইবক ফবী ইবেমা ঙসিদগী হৌহুনা লাইরেম্বীবু ওইরসি। নপাম লমদা অশিঅনা, অরা-অনা থোকহল্লোই, পুন্সি হুংশাং পানহনগে হায়না পাউথেল্লক্লবদা পোকচমল মহৈ য়াল্লে থন্দুনা তম্ফা ওইবী ইবেমনা সোরারেনগী লৈবাক্ত লাইনিংথৌগী খোঁগলবু ফংহুনা লাইরেম্বীবু ওইখরে। লাইনিংথৌগী খোঁজালনা তম্ফা খোইজি মিহুল লাংহুনা হৈরাং মক্ক হুন, ভাউজিং মহৈ য়ানদৌরে। লোইদাম মকুম শুহুনা য়ায়ফরবা পুংকমদা পারি অমা কংজরে। পারি মাগী কোলোইনা খোরিফাবা কৌইদো।

সহ্মোং হুইমু লৈমনা মমোম তম্ফা ইবেমগী মচাগী মশক উদবা কুইরে অহুদি করম তৌনা মালেমদা অমুক্তং খোঙ্গুম্লক্কদগে হায়হুনা

লৈখে্র। পাম্নি অমা পুথোক্লে। কোরৌ মাগী পাওজেলওই তাউবা হুইদি নোংমল্লে। হাওরোক কোন্থো পূস্নবা, লময়াই কায়বু থিল্লক্লে খাম্বী মৈগী মৈখুনা তরং নোংদোল শিনখে্র। সোরারেনগী লৈবাক-তগী মালেম মপাম লমদমদা খাম্বী মৈখ্‌ লাংবা উ পাইমন্নুংদ খল্লকই লাইনিংথৌগী য়াথংদি অরেম্বদা তারেদো খল্লহুনা লাইনিংথৌদা তম্ফা ইবেম্মনা মালেম লৈদ অমুক্তং কুম্মুহুনা তাংদাংববুদি খংজরুগে হায়-হুনা তোয়না তোয়না হঙ্গংলবদা সোরারেননা হায়রকই— নুজা পূক্লিং ৱাগন্নু নপাম লমদম অহুদ নহু কনা শিদেদো, কোরৌ পাউ-জেল তাউবহুই, লময়াই কায়বু থিনবনি।

তম্ফা ইবেম্মনা অমুক পাউহংলকই— ইপাম কনা শিদ্রবা, তন্ন অমুক লাকচগে, ইপাম কোন্থো লমহুগী থরাই গোঙ্গাল লাঞ্জ-রোই, তরা চাকমাং চাজরোই। য়ুখোম তুম্বা লান্নহুনা বাংল য়ুমাং থকচরোই, পারি তুমখুন হুল্লিংগে চংচরুগে ঈপামদা য়াবা অসি তাবদ নুংওলহুনা লাইনিংথৌ সোরারেলনা সনাগী কৈরাক থাবিহুনা কুমকম থোংবু তাকপিখি।

মপাম লমদম ৱৈবদা তম্ফা পূক্লিং নুংওল্লে পলেম মমা ওইবী য়েংহুনা পাউহংলকই তম্ফানা— পলেম ইমা অপোকপী "ইপাম লমদম অসিদা মীসি-মীনা য়াওহুনা তুরৈ ঈরৈ চনবরা, ইহু কনা কেম্নগে?" মসি ৱাদি তাবদা সম্লোং হুইমু লৈমনা— ইমোম নওবু তাবরা? নপাম কনা শিদেদ, মীশী মীনা য়াওদেদো। পলেম ওইবী ঐহাক্‌না ইমোম নংবু উনিংবনা মোনম তৌই ইমানা— কোরৌ পাউজেল তাওবহুই লময়াই কায়বু থিনবনি কনাগুম্বা অমত্তবু

শিবা-নাবা য়াওদেদ। পলেম ওইবী ঐহাক্না, ইমোম ওইবী নহাক্কী চেংলৌ শকপ্ন য়েংনিংবা, অতুগীস্থ মথক্তা তরা চয়োম চামিন্না য়ুখোম তুপ্না লান্নসি হায়ববু করি খল্লিবগে? য়ারা অস্থম হায়রক্লবা তম্ফা ইবেম্মনা— ব্যারৌবীনু পলেমও! তাইবং চিঙ্গাক চাজরোই, পারি মাদি নুংশিবা খোবিফাবা, ইবুঙো খোয়্লেন তুমখুন তালহৌরি। করি-গুম্বা লাইনিংথৌনা তাইবং চাকমাং চাবা উরবদি খোয়্লুম লক্ত তিল-হল্লোই। মমোম মপাউ তাবদা পলেম ওইবী মমানা নাপ চিক্ল পাওমেল্লতুনা চীংঙু মারু উইল্লোই হায়তুনা পম্মৌ মোংবা মরানয়াই তম্না পুশিনখে।

পলেম য়াথং তাবদা নুজা পুকচেল হোংখিতুনা ওকচাননা লৈরিবৈ পলেম মমা ওইবীগী থৌরাং পূম্বা লোইখরে। চরৈ ফিরোল তরেৎ, চংবী লারোল তরেৎ সম্মোং হুইমু লৈমনা মমোম ওইবী থক্ত খল্লগা তরা চাকপু পুশিল্লক ৱাংলৈ য়ুমাং শিন্নরে।

কোরৌ নোংথৌ সোরারেল মিংয়েং পাঞ্জম্বনা লাংশিবা থৌরাং পূম্বা উথরে। ফিজং তরেৎকী, লারোল তরেৎকী মনুংদা তরা চাকপু চামিন্না য়ুখোম তুম্বা হেক লাকপা উবদা তম্ফা শমু খুজেং তম্না চীংঙু তিল্লাং হায়শিংনখরে। পলেম ইমা ঐদি হনবা য়ারুরোই হায়তুনা মখুৎ-মশা হায়দোক্তুনা পম্মৌ মোংবা কারেনমুংদগী সনাগী কৈরাক তম্না চেম্মোরকপদা নিঙোলনা চীংঙু সোরারেলনা খোয়-শাওনবা পম্মোল লোমহুনা সনাগী কৈরাক মালেমদগী চিংথৎখরে। নোংদমথীবী লাইরৈম কোরৌ থক্ত য়েংতুনা পারি শেৎন মৈশা লাং মপি ইরা শিন্থনা হিক্ল-হিক্ল কপ্তুনা পারি শেৎনা মৈচাক্লে, মুংশি কায়ন মৈরিনে মোংবা মরানয়াইদা তম্ফা মাদি লৈহৌরে।

খোরিফাবা ইবুঙোনা খোয়েন মিংকপ থোরকপদা ও খোয়াং লামহুনা ইমা কৌহুনা কোয়না চেম্না কপ্লক্লে। পলেম ম লৈরমত্রবদা পারি কপ্পা হেল্লকই, হেম্না-হেম্না কপ্লকপনা নরা মিং থিবকই। পম্মৌ ওইবা মঙোন্দা মমা পিয়ু হায়হুনা মিংকপ, কপ্লক্লবদা লাইয়াম চংনা থেম্বদা ফবা-কৌবা লৈখিদ্রে।

অঙাংনা কপ্পা ফবা লৈখিত্রবদ ইয়ু চি খো পোইরভোন রেন শনবু তোংহুনা অবাং কৌব্রু নোংদোনথক লৈম লৈনাওভাং লাইরৈবাক্তা থুংডরে। লাইরেম্বীগী চেংলো পোইগুম্ম পোজল লাইয়াম পূম্নমক শুমহৎখ্রে। লৈম লৈনাও পাবীন, খোরিফা থেম্লকই— "খোরিফাবা ইনিংথৌ! তোকওগবা কপ্লগনু - হায় ইমুং ভানবদা কোম্মোজম চনু পলেম কোয়ৌ থক্ত কৌরক্কে। অ কৌব্রু চীংলৈশং পামেল থক্ত ওংব-লৈ, লৈরাং শারোং হায়রগ তাওবা হুইরৈ মানবা লৈ, নোৱা খুত্তা পায়বে নে হাযহুনা পি দবী খোরিফাবা কপ্প তোক্তুনা লৈবাং মাবু পাইরগ খেক-খক্ল নোকখ্রে। খেক্ল-খেক্ল লোবশী লৈরাং কোলোই থোনখ্রে— লৈরাং লৈশং থেকরাইবা লৈরাং কোলোয় ওইখিরেদা। □

শেমদোক-শাদোকপা
কে, ধীরেন।

# মেনৈ নৈলম্বা

পুখোকপা—মোহোরি

পোইরৈ লৌং লৈবাক্ত নিংথৌ থংনলপাবা কৌবা অমা পাল্লম্মী। মাগী শানৌ, থানগী মনিংদি মেসনহা কৌবা অমা লৈরম্মী। মানা মথং থনবাল। মতম অতুদ নিংথৌ অনিদ খারাম হাওখুলগী লোইংপোৎ কাংম্মী। মতম থর লৈরগা পোইরৈ নিংথৌ নুশিংনহুনা লোইংপোৎ কাবা লেপখ্রে। মতাং অদু পোইরৈ নিংথৌ থবান থাবনা শাওহুনা মেসনহা কৌশিল্লগা ইয়াম্বগী ইবুংঙো নুংশিবা হয়াম্বা বা হায়গে ময়াম্বুংগী স্না-য়াথং তাবদা মনাও ইবুঙোনা চংলক্লুনা পম্খৌ শক্লা লাক্লনবীরিবা যাম্বুং, ইমাগী খোয়াং খোমৈ থকপা ননাওবু কৌশিনববু সনা য়াথং ফগাও শানা হাজরি। মনাওগী বাবু তাবদা ইয়াম্বগী ইবুঙো ইচিল-ইনাও নুঙাইনা পামবা অসিদা খারামগী লোইপোৎ কাবক্লে। ইয়াম্বগী ইতিক অকনবা ইনাওগী ময়াই অকনববু থওইত্ৰমাল্লে। ইনাওনা খরাম হাওখুল চংতুনা লোইপোৎ খোৰা চংলুচো হায়ববু পাইম নুংদা করি থনবগে।

ময়াম্বুংগী য়াথংবু লুদ থোংনা পাউথুমজখি খারাম হাওখুলদা লোইপোৎ খোবা চংচরুগে, ননাওগী ইতিকনি। মনাওগী বা তাবদা ময়াম্বুংনা মনাওবু শৈরেং প্যাম্বোম পাইহনা চেৎনা কোনখি। হুজিক্কী নুংঙাইরে ইনাওগী পাঙ্গল ওইনবা ননাই নিপা ৫০, থাংগু ভেনগু হৈশিংবগা পুহনা চংলু।

ময়াম্বুংগী য়াথং পুহনা মনাওনুপা অতোম্বনা অকনব লান্মী লোয়ননা থারাম হাওথুল তান্না লাকপদো ফজৈয়েদো ইবুঙো, পান্দমনিঙাই লৈরে ।

মেসনহা অতোম্বনা লোইপোৎ থোৎ লাকপা নুমিৎসি থবাম হাওথুলসি চৈংমী মথোয়গী থালৈ অথুম্বা য়াংলৈ তাওবা অয়াকপা কায়রৈ খুয়োম ভুম্বা লামব, য়ু হেংবা নুমিৎ থেকএ।

অসুম লাকপনা থারাম চৈংথোং য়োরক্লে। অকংবা লাম্মী শক্তম উবদা থারম খুল্লাকপনা উরহুনা লোইবী চৈথক্তী চেম্বরক্লে । মেসনহাগী মাংদ চপ লেপ্তুনা মপাম্বোন রাংন থাক্ষংলগা পোয়রৈর নিংশৌগী মনাও ইবুঙো অকনবা অনুক লাংকম নেনংনবংবা করিগুম্ব য়াকম থরদং চঙংচগ খুল্লাকপগী রাবু তাবদা মেসনহ অতোম্বনা খুল্লাকপা করি য়ারাবু চিঙ্গাইগে হায়বনো ? তাশিনু ইবুঙো ঙসি কোরৌ নুমিৎসে লোইবী চৈংগী চিংখোংদা অহিং ইন্নুংশোইব সিমঃ ফাইদুনা লৈবিরো চান-থক্লবা করিমত্তা যাত্তনবা থোরাংজগে । মেসনহা করি মরম লৈবনো ? ইবুঙো চাংদা তোংবা ঐখোয়গী য়ু হোংবা নুমিৎতু ঙসি থোকএ রা ভাংনবদি কয়া নুঙাইররোই ।

খুল্লাকপনা, ইয়াম্বগী য়াথং পুহুনা লাকপনি, ফাইদুনা লৈখোকপা য়াদে । মতম অমুদা খুল্লাকপনা তোয়না তোয়না থাংজৈ । মেসনহা অতোম্বগী নোংদম কৌবা লাইনা অমুম হায়না তমখিবদগী থরাম হাওখুল তপ্পা মনাই মশলগা লোয়ননা চংশিনখ্রে। ইবুঙো মাগী লানগী লাল্লাও তাবদা য়া লেন তাওবা অয়াকপগী হুনা কাপ্পবা মরাম হাওয়াম পুম্না চোংথোরক্লুনা মেসনহা অতোম্বগী

মথক্তা অকনবা লানবু তাবক্লে। পোয়রৈ মীতৈ লান্মীনে, খারামদি লান্মীগী অনিসিনা পাংলেন তোমশংবা য়াঙ্গোই শারি থোক্লরক্লে চৈৈরৈ লানলম শিগ, হুয়েন লাম্থোং শিন্নরে। অকনবা লাম্থোংনবদা চংশয় ম কায়তনা লান্দাররকপদা। পোইরৈ মীতৈ লান্মীদি অকক্লবা য়াইখ্রে খক্ত শুইদনা খারাম হাওয়ামন লাকচত্থনা মেসনজা অতোম্বগী লাল্লু চোনমাই জৌথ্রে। পোইরৈ মীতৈ লান্মী কায়হনা চেনশিন্দুনা খরান খ'ব নিংথৌগী মক্ষমদা হৌথিবা থোদোক পুন্নমক চিথনৈথ পাওদম্লবে। কায়নখংদা মনাও ইবুঙো শানৌতেনে মেসনজা অতোম্বগী লাল্লু চানমাই লৌথ্রে তাবদা খরান খাবা নিংথৌ খ'খান হাওখুংশামদ শুন্দুনা ইঙা নোংথোংগুম কপখিয়ে। ইয়াম্বগী ইবুঙো মুংশিবা অপংবা ইনাওবু ইয়াম্বনা লোইপোং থৌহল্লুবদি লৈমুংশি খঙ্ম্রব' হি চা য়াইতম্বগী মখুৎবাক্তা থেংজনা চংনা নমঙ থিবা থোকপ্রে ইয়াম্ববু তাইবংশিন' কবি ওইহৌরসিগে ইনাওগী খবাই মখিনা পোইরৈ যোংমদোল কাঙ্বস্ত হকচাং মুমশংবা খবাই অমদি ইয়াম্ববু ডাইরমথে', ইয়াম্বনা নক্ক খুম্লুনি হায়না ও-খোংনা কপ্লগা মালেম লৈদা বাম্থখরে।

অশাওবগা লোয়নমা পোইরৈ লান্মী হৌত্থনা খরাম হাওখুল তম্না হুয়েন লন্দারক্লে। খ'রাম হাওখুল তারক্লে। খরাম খাবা নিংথৌগী অকনবা লল্লাও তাবদা খারাম হাওয়াম পুন্নমক হিংনমবা চেমপ্রে। খুল্লাকপদা ঙাইহৌরে।

মতাং অসিদা খরাম লৈশাবী অমনা হাওশম মঘদা পো, নমলি কোক থোং, হাওশম মঙ্গংদা ঈশিং শোক্লবা উনিং-উতোং খন্না

হাপ্লগা পোইরৈ নিংথৌগী মমাংদা ঈশিংথোং তম্না কুমথরকই।

লৈশাবী অদুগী মাপ য়েৎ থংদা লৈরাং নাচোম অমা চোনজোন চিল্লকই। লৈশাবীগী শক্তম্রে, লৈ শক্তম্রে অনি পুন্না উবদা পোইরৈ নিংথৌ খাম্বী মৈগুম হৌরম্বা অশাওবা পুম্বা নেমথরে। পোইরৈ নিংথৌ চপ লেপলগা শানৌ মাবু য়েংলগা খোঁখানখি, নিংথৌগী মাবু তাবদা ইকাই থীবা নিঙোলনা ইকায় খুংশি ঈরোইননা খুংশি য়াবা পাউথুমজরকই ময়াই কনবা মীচৈক নিংথৌগী লৈ ইবা চিংদা তোংবী পাঙ্গল শোল্লবী খুজা ঐবু অরাক ন্তম্না খাম্বা ও কদিদি ডাইজরি ননাইনা।

শানৌ ইথেমা নঙগী লৈরাং নাচোম অদু উবদা নিংথৌ ঐগী পুক্লিং পেল্লিকো নিংথৌ ঐঙোন্দা অমুক্তদি খুৎশিন্নৌ।

ইবেমনা ননাই ঐগী নাপদা লেক চাঙনা লৈরবা লৈরম থাদা কমদৌনা স্না খুয়া খাদ কৎকনি। ননাই পাউখুং পিব ঙমগদ্রে মঙম অদুদ থবাম থাবনা হায়রকই ইবেম্ম ফরে, লৈরাং অদু কদাই দগীনো হৌফম শাৎফম অমুক্তদি হায়য়ুগবা? রাফম অদু তাবদা খুজা ওইবী মহাক্না মকোক্তগী হাওশমথা খুবাক লে মজহনা তাবি-য়ুদো ইনিংথৌ, ননাইগী নাপদা চিল্লিবা লৈ অসিদি ঙরাং য়ু হোংবা খুমিত্ত ননাইগা হায়ন-শিংনবা অমনা মনাই ঐঙোন্দা লাংঙকপা লৈনি।

মথা তারকই অদুদি ইবেম্মা নংগা হায়না শিংনবা খুপাহুগী মরি-মথোং লিবা ঙমগদ্রা? ঙম্বদি ঙমজগনি ইনিংথৌ, অদুবু ইনিংথৌ অকনবা লাম্লোং উবদা খারাম হাও পাথং অমত্তা খুদ

অসিদা উদ্রে । বাত্থ, তাবদা নিংথৌনা ফরে ইবেমা অদুদি খারাম হাওয়াম পুম্নমক লোয়না খোমগৎকে, মতম অদুদা ঐঙোন্দ অমুক্ত শক্তাকউ । ননাই হঙ্গৎচগে ইর্থিংথৌ অসি হায়রম্নগা ঈশিংথোং তাম্না কুমৎরে ।

থবান থাবা নিংথৌসু অয়াম্বা লাংগী পুত্থনা খুল্লাকপগী শঙ্গাইদা থুংথরে । খুল্লাকপবু উবদা নিংথৌনা খুল্লাকপা নংগী নফমদা ইশানৌ অতোনবগী লালু চোনমাই লৈ হায়ৎসিবু অচুমত্রা । চুমই হায়না হঙ্গৎচৈ । অদু ঙইরবদ ইনাওগী লালু চোনমাই পুথোরকউ ।

মতাং অদুদা খুল্লাকপনা চোংদা য়াংলিবা লালু চোনমাই অদু চোংগা লোয়নননা পুথোরক্লে । নিংথৌগী মংদা চোংথ পাইদুনা লেপ্লরে । থবান থাবা নিংথৌ মনাওগী শক্তম উবদা ইয়াম্বগী ইবুঙো মুংশিবা ঙরাংদগী হৌদুনা খারাম হাওখুন্দা লোইপোৎ থৌনি চৎশিববু ঙসি ফাওবগী মনুংদা ইনাওগী য়াবা অমত্তবু তাখিদরে । পোইরৈ মীতৈ লমদমদা ইয়াম্বনা লৈবা ঙমদত্থনা ইনাওগী খোঙ্গুল লিরক্লি মনাওগী শক্তম অদুদি মপুং ফারবা থাজগুম, বুচু-কুমেন মাংলমদে মনাওগী অককপা মকোকপু মথানুংদা কোনশিল্লুবদগী সনা অহিংবগুম্বা ফজব শক্তম্বু, থাবু লৈচিম্না কুম্নগুম মাইথোং খেবু লাংশিনখি ।

ইয়াম্বগী ইবুঙো নঙদি হাওগী মথুংবাক্ত য়াইবী মাংনিংদবদগী ইয়াম্ববু ঙাইদুনা লৈরমবোইরে ইয়াম্ববু করি ওইরসিগে হায়দুনা হিক্ল হিক্ল কপখি । কাল্পনথংদা মনাওগী লালু চোনমাম্নবু ফংলবদা থবান থাবা নিংথৌগী মথুক্তা খারাম হাওখুল অবাবা ফংঙু হায়বদি ঙমদবনিনা মতাং অদুদ খারাম চম্ন লৈশাবী নিংশিংলক্লে ।

খুল্লাকপা নংগী হাওয়াম পুম্নাক লোইনা খোমগৎলু ইনিংথৌ ইবুঙো ননাওগী মংশৎ তানবিগে খনবিরব্রা ? নত্তে-নত্তে খুল্লাকপা ঐগী অশাওবা লোইনা নেয়ে বরিগুম্বা থোকম অমত্তুং হায়গদবা লৈবদগী কৌখৎলুবু হায়বনি হুয়েন লানবু তৌবোইয়ে। খুল্লাকপনা হাওয়াম পুম্বা খোমগৎলে। খুল্লাকপগী কংলৈদা হাওয়ামপুম্বা লোইনা তিল্লরবদা খারাম লৈশাবী থিরক্লে। মতম অদদ খারাম লৈশাবীবু কৌশিল্লে। ওরাং নঙোন্দা লৈ-লাংই হায়রবা নবুঙোহু তাকউ হায়রবদা লৈশাবী মশিংনা ইঙ্গিং পিগুনা খঙহনখি।

খারাম পাখং কৌশিনল্লে থোনা ফবা তম্বা নঙনা মুজা অসিদা লাংই হায়রিবা লৈসিগী মপাল-মরা ঐঙোন্দা পিয়ু হায়রক্লব, কৎচবা তমজগনি ইনিংথৌ। অহু দি চৎলো লৈরাংগী চারবু লৌক্লবো হায়োকপীরে। পাখং অহুনা মাগী পামলৌদা হৌরিবা লৈরাং অহু মপাল মরা ফুক্তুনা পুরক্লে। নিংথৌনা খুল্লাকপা কৌশিল্লে। চংলক্লে, নিংথৌনা হায়খি হুজিক্কী ফবে খুল্লাকপা ঐগী ইনাওসু কংলে, লোইপোৎকা লোয়নবা চৎসি হায়রকপা খুল্লাকপনা ফবে ইনিংথৌ কৎচেরগনি হায়জখি।

অহুদগী মনাওগী লালু চোনমাইরে লৈরাংগী চারনে সরাগী পোনচেপ পাদুনা পোইরৈ মীতৈ তমলক্লে, কোয়ুং তমলক্লে। নিংথৌ কোয়ুং য়ৌরক্লরা মতমদা লৈরাংবী কৌশিল্লগা হায়রকই তাও, লৈশেঙ্ঘী ইনাওগী লালু চোনমাইনে, লৈরাং চারগা পুন্না মেনদুনা তাইদুনা থাজরো।

মতম খর লৈরগা লৈরাং অহু হৌরক্লে। লৈরাংগী মউ য়েংলগা

নিঙোল প ম্বোম চেংলৈ মানবা লৈ, মানা ত'বু য়েংলগা নিঙোল থ ং মানবা লৈ লৈরাং মানা পোম্বোম পোমলকপদা পাখংগী খুংঙ কাংলৈজ হিংজন মওং মানবা লৈ, লৈরাং মানা শাংলকপা কান্দা শিঙেলগী লৈয়োন ত বু য়েংলগা নিঙোল মাকোং মনুং মানবা লৈ লৈরাং মচু য়েংলগা সনা ফুংদোংবা মচু মানবা লৈ, লৈপেম্বীমা লৈবাং মাবু হেক্রগা থরান থাবা নিংথৌদা কংচ্চরে । ইনিংথৌ ননাইনা থাজবা লৈরাং শাংলে নিংথৌনা লৈরাং মাবু পায়বগা শিঙেলগী লৈনম লৌবদ' পুক্লিং হব লৈ থরান থাবা নিংথৌনা লৈগী মমিং খোনখি ইনাওগী লালু চোনমাইগা লোয়নমা কংলাগী মেন্দা মেন্দুনা তাইহুনা থাখিবা লৈনিনা লৈরাং মাগী কোলোয় মিংলেন্দি ঙসিদি হৌহুনা লৈরাং মেখৈ লৈস্না কৌরো হায়হুনা পোইরৈ পুম্বনা খঙনখি । ●

[লৈগী লৈরোল ত্বীরমদি লৈখিজ্রবা চুংখাম মনিকনা ত্বীরমনি অহুমা ওজা মেয়াদগী তমজরগা শৈশকচবনি]